অকোঙবা— এল: ধীরেন সিংহ

কোপি মশিং— ১০০০

চহি— ১৯৮১



ফংফম থোকপা— অইবীগীনি

মখুম য়েকপা— রাজকুমার সনাতোম্বা সিংহ

ব্লোক শাফম— নোভেলটি, কৈশামথোং।

ফংফম— লাইরিক য়োনবা দুকানশিং

মমল— লুপা ৫'০০

# কঙ্চবা

মালেম ইমাগী তম্পাক্তা
পুন্সি চেংজেল তাল্লিবৈ,
তাইবং মীনোক মরক্তা
শিদা উপাল থারম্মু।
ঙসি কৌবা ঙরুনা
নৈশেম খুন্থোকই-শকলোংনা
শেনবী, অতিং লুংথিল নাইদনা
শৈথাবনা থাংলগদবা ইরমদমনি।
তাজরগা বারিদো লুংনাওখি ;
থম্মোয়দ ইতুল ফাওরকখি—

খঙদা হৈতা শকচবা

মাগী ঋতুগী খোঙচংকা,
মহৌশা লাইরেম্বীগা খুৎশম্না
ইপাক ইরৈবু লানঙম্নবা
মমাগী ময়াদা পুরিদো
ঐখোয় নখোয় মখোয়
ঐগী হায়বা তানশিনবদা
ঐগী য়ুম্ফমগী কোর মন্নুংদা।
তাম্নখরে ইথৌ নিলচন্দ্রাগা
কপহৌরি নিংশিংলগা পেন্দবনা
খঙজ তাঙনিংবা তাহৌদা,
পুন্সি থাওমৈ মুৎলমদাই
য়োংহিল্লং চনবা ওইরম্বনা
শকফম ফাওবা উহৌদ।
লমজিং মৈরাদি তাকপিরম্বা ;
শিংলম্নরোইদবা লমন তোল্লবা নঙন
অতেক অকাইনা শাজনবা
বাহৈ মতেক খরসে
নঙগী ''শজিবু' কোমবিরৈ"
লৌশিনবিয়ু তরাম তরামনা।

## য়াওফম তাকপা

# শজিবু' কোমবিরৈ

কদাইদা লোৎলুই নহান'খৈ
চহি কুমওন চুপ্পমখৈ
লৈরাং নংবু কোমবিরৈ।

বসন্ত' মনিং খোমজবী
ওলাং থাজিন থংজবী
লৈরাং নংবু কোমবিরৈ।

শিডেল নংগী মচনলৈ
নাচোম নংগী ময়ানলৈ
উরিরৈ, মাধবী, কুশুমলৈ।

রাইথুংনশি তেমশিংনবা
নুরা পাথং ওইবগী
লৈরাং মাসু উহৌবনি।

সনা কৈথেল তমলকলে
য়ারল পাৎতগী পুরকলে
পলেম মানবী মহাকনা।

লৈরাং মাগী ভরেং-শগ্গান।
ভরা লূকোই লাংনবা
লুকমাই থগ্গা থেল্লরে।

তরৈ [illegible]
শেংনা থাইনা য়েন্নরে
য়ুমথোং খুদিং ডান্নরে।

কৌনবদায়—লফেল নারা কোমবিরৈ
লফেল পাংতা ওংবলৈ
লবুক 'য়াইদা শাংপলৈ।

শিঙ্গেল নগুণ রাত্তবী
লৈরাং লৈশক মাঙদবী
অচান মীচান খাইদবী।

অশৈবগী শৈথারোল
প্রকৃতিগী খুংশেমলোন
মহৌশা তম্পাক্তা শাংচবী।

লৈরাং নতারোই খুংশয়া
শিঙেল লৈচন কাইদনা
কুমগী ঈপালদা য়াওরক্লিবী।

ল্লোয়বী চীংয়া তময়াদা
অঙাওবা নোংলৈনা লস্কাংদা
লৈশাং তমহৌই কুরাওনা।

উনা রানানা শান্নহৌই
জাই জাই খিকথহৌই
মালেম তম্পাক মথক্তা।

পাংকী থম্না খেঙ্গোংনা
ডাইহৌই থনবা লাইজনা
থরো থম্বাল খিবিকনা।

ইঙাই থঙ্কী নোংগৌবীসু
তাডনা শাংপী মেলৈসু
ইথৌ লাংনা য়েংহৌই।

নানথোকখিনি খন ঈপালনা
মনা ময়োল লোংচবী
অহানবা নোংহৌদা পোমজবী।

উদা তাংলে উতাংবী
ৱাদা তাংলে ৱাতাংবী
চেন্থরকপা মচুমদা শাংচবী।

লৈরাং নতারোই কয়াসু
নাকলঙ্গী উকুল কয়াসু
মালংগী শহুমদা তাওজরি।

উরগা মিংস্না অনিনা
কাইজ্রবা মপুগী থৌদা
থাডগুমদে মীওইবা মঙলান।

পুক্রিং মাসু মুংওললে
থম্মোয় মাসু খোইরাংলে
লৈরাং নংবু কোমবিরৈ।

অতুঙৈ ৱারিনি নিংশিংডুব্রবা
চৈরাও চৌংবু কাখিবা
লৈরাং নংনা নাপাঙান।

শজিবু' কোমবিরৈ—৪

অফাবা শমলাংনা থন
ফানবা ঙমদ্রবা মালংনা
মনিং তম্না হুম।

কেজা নৌজা লাকখিবা
শাথেক শাওং কাইখিবা
মুংশিবা কনানা মিতাহনখিবা !

ইকাইথিবী নতারোই লেংমান্নবীনা
লাঙ্গোল লাইরেম্বী তমলকখিবা
নিংশিংই ইতারোই কোমবিরৈ।

তাওথখ্রবসু মতমগী কৌশিংনা
য়েলহৌভৈগী থৌদোকতুনি কাওঙমদ্রবা
পূক্নিং মাগী অচিকপদা।

তারমদাই মুমিৎনা ঙাঙানরম্বা
শিথরবা থাজগা পাথকনরবা
থৌশাদ্রবা মঙালদুনি য়ৈররিবা।

লৈরাং মাসু উহৌবনি
থরায় ঐগী অচিকপদা
মাঙগী বাবু নৌহৌনরিবা !

চুম্না চিংদ্রবা লৈইদা
য়েকত্রবা অচুম্বা শক্তমদা
মীনমজরবা মীওইবা মীওইদা।

ভাবোক্কী শুঙ্কাৎনবা শান্নবা
রাস লিলাগী মণ্ডপ
লৈথেক লৈকোই থেংলিবা।

শজিবু' কোমবিরৈ—৫

মহৌশা কাইদ্রবা মহৌশা।
ওৎপিরি থুংশেননা নশাইগোন্দা।
মতম কৌবী লাইরেম্বীনা।

কনানো শকইবা ইশৈশকপা।
কনানো য়েকইবা লাই য়েকপা।
লোংশিনগনবনে নংগী শকুম।

হরানবসু হরানলি হিনননব।
চকম য়াওদ্রবা তংলবা
অরাম খৌবাংলব মীওইবনা।

কনানা তাকই ইশাবু
লোংতুনা হিংলি মালেমদা
ওইদা নাংগী তাইবদা।

লৈরাং নংদি কোমবিরৈ
নাংওন কুমওন কাইদবী
খাতু খোঙ্গুলোয় তুংইন্না।

নতুং ইন্না শাৎচবী
লৈরাং মাসু কবোকলৈ
কুমগী নোংনা মীহৌরি।

লৈরাং ফুগাইনা শাৎচরি
তাইনা হুমনা শান্নরি
মতম ঈচেল কাইদরি।

মীহৌবগী থংলম্বী লৈখোক্তগী
থেংলম্বী শমজিদা পামজবগী
পীরিবা নংগী চৈরাকলা?

শজিবু' কোমবিরৈ—৬

ৱারোবনা থল্লবা থম্মোয়দা
অর্থনা চেল্লবা লৈশাংতা
করি খঙলমদবা থৱায়দা ;

ইরাংদা ইরোইরম্বা পৃক্নিং
লৈহৌনা থল্লিবৈ লৈকাদা
মিংয়েং অমগী শুমংংনরম্বা ;

থুইথরবদা লৈরোন্দগী লৈনানা
থৌশাদরি শজিবুনা লোইবদা
লৈরাং নংবু কোমবিরৈ।

কপলুই খঙবিদবা ৱাখলদা
উরগা পোমশাংনবী লৈরাং
তান্নরগা নোংমদুগী নংবু।

লৈরাং নংবু কোমবিরৈ
কুমগুন থুদিং কাইদ-লৈ
মপুগী থুয়া য়োন-লৈ ;

## তাবিরোইদবা খোল্লাও

থবক্তি থবকনি।
পুন্সিদি পুন্সিনি॥
লাইনা য়াংপা খায়াংনি
কাথংভুনা অসুম মরৈসিরা ?
দিপ্লোমা পাইবা ডাকনি
মতমগী ঈচেল ইরৈনি
মখোয়না করিদা হেল্লি
ত্রীখোয়না করিদা য়াংলি,
পুন্সিদি পুন্সিনি।
থবক্তি থবকনি॥
সরকার চাকারি ভাইরিদৈ
লবুক্কী লাঙ্গোল কিরিদৈ
ফিজেৎ লৈতেংদা লূপলিদৈ
পুন্সিদি ময়াং কংশিল্লক্রে
কল্লক-মিংচৌনী মৈরিনা,
মাইক্রোফোনগা মরুপ ওইখিদৈ
ভুংগী লম্বীদি য়াংত্রিদৈ

ফিজেৎ ফিকাইবু কিরিঙৈ
পূন্সিদি ময়াং কাংশিল্লকলে
অস্থন অস্থম কাংশিল্লকলে
থবক্তি থবকনি।
পূন্সিদি পূন্সিনি॥
লানলাওহুম লেপ্পা লৈতবা
অমগী মথংদা অমগী
লোইবা নাইদ্রবা ঙচেলগী
পেনবা লৈত্রবা মীওইবগী
অচুম্বা মাঙখ্রবা ঙাইবংসগী
থবক্তি থবকনি।
পূন্সিদি পূন্সিনি॥
কনানা কনাবু কনানে ?
ইপা ইপুগী ধর্ম্মনা কদাইদনো ?
হুংশিনবগী ঈরিকনা কদোমদনো ?
ঈশ্বরগী ভক্তিনা মাঙখ্রবদা
থাজনবগী লিচিংনা কৈদনো ?
পূন্সিদি পূন্সিনি।
থবক্তি থবকনি॥

মুক্তিদা থম্মোয় থরম্বা
ভক্তিদা থরায় কংলম্বা
থবক্তা পূন্সি লৈরম্বা
ইমাবু চেংনা কোল্লম্বা
মচিন মনাও ময়াম্না,
'আ! অরুবনা 'তাইদা লে

## শজিবু' কোমবিরৈ—৯

অনৈবনা 'য়াইদা চন'
শিন্থুরিব ঈরিকসে কংলরোইত্রা ?
ঈচেল হেন্না কল্লকলত্রা ?
পূন্সিদি পূন্সিনি।
থবক্তি থবকনি॥

থম্মোয়তনা কপচবনি থম্মোয়দা
লাওজবা ঙমদে খোঞ্জেল হৌনা
অশোনবনা পূক্লিংগী থরায়সিনা
তাবিরোইদবা ঐগী রাকংসে
মদোম কেমজবা নভুন্দা
পূন্সিদি পূন্সিনি।
থবক্তি থবকনি॥

# মৈরানবী

থবায়না পাইশিললি অপাম মীহৌদা
পূক্লিংনা চিংশিল্লি কল্লক থনবন্দা
পূন্সিনা পাইরি তরং মালংদা,
ইথক ইপোমগী ঈচেল ইরৈদা
মঙলানগী তাইবংদা চংনবীগী খোঙথাংদা
ঈরুপতুনা ইরোনম্নুংদা মাঙখ্রগদ্র······ ?
মহৌশাগী ফজবা মুংহনখ্রগদ্রা খুংশেমদা;
ফীভম মুর্ত্তি নিংথিবা, থোং-নৌবা অমেংবা
জুম জুম লাওবা শমলাংনা নিংদ্রুদা
কোইতক তৌবা শাইনোন্না মাইথোংদা
চন্দনগী লৈতেংনা লাইবকতা ঙাল্লমবা
শকফম শক্তমনা খোইরাংলম্বা থম্মোয়দা
মাঙ তাকখ্রবা অচম্বা পূক্লিংদা।
তাং পাংতা পাম্নরবা য়াওনদা
হিংবগী মমল লৈত্রবা মঙলান্দা
ওইদবা ওইহনবা নমথাক্কী তাইবংদা
মিকুপ খুদিং রাখলগী মনিং তম্বদা
অরেপ্পা শঙদনা পাইরি থিংঙমদা
মৈরিদা উবদা ঙাওজরবা মৈরানবীনি মঙালগী মঙালদা
তাঙ্গোই থোকখিবা নত্তে মিকুপত্তুদা
কেমখিবা থব্বায়নি মপোপ কাইদনা।
মৈরিগী মৈরানবী··········

## ফংদ্রে নংগুম্বদি ইমা

হঞ্জিল হঞ্জিল থিরুরে,
ফাক শেংনা য়েংলুরে।
তীর্থ কয়া চৎলুরে
কৈদম্ব ফংদ্রে নহাকতি—
থম্মোয় ফাওনা চেন্‌লকলে
ৰাখলনা ৰাখলবু পুল্লকলে
তাইবঙদা মঙ মঙলে;
পৃক্লিংনা পৃক্লিংবু খাঙঙমদ্রে
ইরাং ইয়ায়দা লুপলে
কাইরে তোইরে হিংলে
লৈরোল মথল নল্লে—
খঙদবা খঙলে য়েংলে
তাদবা তারে শিল্লে
হৌরে খোঞ্জেল নিললে
ফানবা য়াদ্রে, লাকঙমদ্রে
নিংথাইরে, ঙমদ্রে. পলদ্রে
অপাম্বা মনিং তমখ্রে
অনিংবা অথিংবা লৈত্রে।

## শজিবু কোমবিরৈ—১২

খুতুম চনদ্রে থৌনা
অমঙবা নোংগা পান্দমলে
থৱান' নোংজু 'গুমলে
শিরে হিংলে খ্রাইষ্টগুম
মাঙবা লৈত্রবা থৱায়না
অমগী অমদা, অমগী অমদা
তোঙানবা শকলোন শকফমদা
য়েকহৌরে লৈহৌরে তিলহৌরে
লিশিং খঙদা কোনশিললে
খুংশা অনি তিংথোকলে
চংজরকপা মথাদা চিংশিললে
অপেনৱা অওকপা খঙদরে
মান্নহললে অমত্তা ওইহল্লে
ৱাহং পাঙখুম খঙহল্লে
চেকশিন্দবনা অর্থ লৈহন্দ্রে !
মঙালগী লম্বী মমহললে
অশাওবনা মাঙ তাকহল্লে
নংগুম্বা থম্মোয় তম্মদ্রে
লৈত্রে নংগুম্বদি ইমা
ফংদ্রে মফম কৈদম্বু—।
পোকচরম্বনা লমদমসিদা ঐখোয়
চাওজরকপনা নতম্বাক্তা ঐখোয়
চাওথোকচবনি থম্মোয়না ঐখোয়।
থৌনা লিংজেল নহাকীনি,
চুথংপিরো বর্ত্তিগী মৈরি
থাংগৎনিয়ু মঙালগী মঙাল।

# চৈথেং

লৈশাং তমদ্রিগৈ লৈপান্দা
পোমশাংনরিগৈ লৈরাংনা লৈয়োন্দা
লৈচু থগুদ্রিগৈ লৈরাংনা
লৈনমনা শিন্দ্রিগৈ তাইবংদা
লৈহি চেন্দ্রিগৈ লৈকাদা
লৈমন চল্লবরা লৈখোক্তা ?
শিঙেল নংবু শেনবিনবা
মপাল মউ মপুংদি
তাইবং মীংয়েং থন্‌নবা
চরা নোংথন তান্‌-ননবা
নোংজু নোংশা থাক্তা
ফিজেং লৈতেং থিদা

তরেং শেঙ্গা তাল্লিভে
হিংন-নবা পুন্সি লমবেলদা।
খেন্নবা অমগী চৈথলদা
খাইরিবা অনিগী মরক্তা।
শাগৎচরম্বা আশাগী মঙলান্দা
পাখোং ওইরে, ফোঙলে।
মপুগী শিনশং মমুংদা
মায়াগী কৈথেল তাইবংদা
কেল্লবা লৈমাইগী লৈনা
কনানা য়েকপগে মশক্তন—,
ঙসিগী শিথরবা মতমসিদা
মখোয়দি নোকই শিথ-শিথা
অরোই অখণ্ড নাইদা
শমথোল কয়া হাপচন—
নমজা নমথেক চৎখিবা
খণ্ডনা উনা ফুমখিবা!
ইকাই ফিরুকতা ওই
পাঙ্গল শোনবী কয়াদা
ওক্তা শিংদা মহায়
কন্নাম চাওবগী থুবামদা
স্নপ্নগী চৈথল অমতনি
মীগা মীগগী মরক্তা থললিবা!
অহিং' লিক্লা তারগা
কেনগনি মিপাইরবা শিংগারৈ
শাংখিদবা নত্তে মালেমদা
নুমিদাংগী থরো থারিক-থানা,

মোম্নোনবখি থাজগী মঙালদা
মেংনা নিংথিরবা থানিললনা
শিলখি মালেম কোর্ব্বাক্তা
শান্নখি নোইন চেক্লানা।
ঈপাল তাংজবী থম্বালনা
কোরৌ মশেক মঙালদা
পুমবুম্নখি লাইজ-থক্তা
কল্লক খম্বন মৈরিদা
অপাম মুংশি ঈখৌদা
নৈথেংখি পুন্সিবু থওইদা
পিরবদা চৈথেং থম্মোয়দা
কিন্থরবা ৱাখলগী তাইয়োন্নবদা
তরা নুঙাই চৈথন্দা
কপ্পা নোকপা অনিদা
শিন্থরিবা নংগী পিরাংদা
কপলিবা নংগী থম্মোয়দা
মখোয়দি নোকই তারগা
উরগা মিৎস্না অনিনা
অশৈবা কনাগী খোর্জ্জৈদা
শিন্থখিবা নত্তে ইরি—
নংগী থম্মোয়গী মীকপখোল
লৈরিবা পুক্লিং' অথুপ্পদা
ৱাখল মৈশা লাংলিবী
লাকচা খুদুন চনখ্রবী।
করি পাংঙমদ্রবা থরায়না

শজিবু' কোমবিরৈ—১৬

তেংথাখি ইদোম পাইমাম্নুংদা,
লৈনমনা শিম্ন্রিডৈ মালেমদা
মালংনা য়েনখ্রিডৈ তাইবংদা
শিংঙল লৈনা চোইরবোই
লৈমাই থক্তা কেল্লবোই
আ! কল্লকইদা পাম্মুইদা !!
পোমশাংনবীও লোংচবী লৈনালক্তা,
'তোং তোং তোংচুম্বী
চাক্নক নাক্নক চাকবাইবী
থা-দোই কৌইদা
চি-চৌ খং খংতোকলো।'

# কনাগীনো ?

নৈথেকলবা পাম্বোমগী মরক্তদু
চে-কলমগী টেবল চৌকিদদু
খুডাইবা অমদি মরৈ,
পূন্সি হরিবান্দোং মঙলান্দা।
ইরোইননা অসুম অসুম
হিংদবা য়াদে তঙাইফদনা।
অয়ুক্কী মুরানগী পাংথকনরবা
খম্নাগী লাইজগা শক্তমনরবা
কে পুন্সি কনাগীদমকনো ?
নংবু অসুম পুরিবা !

# মিতাখি

হুংশিবগীদমক কংথোকলম্বা থবায়
অপাম্বগীদমক তমথিরবা লৈচং
মীহৌবগীদমক য়েকনরবা মীগা মীগগী মরক্তা
অসি ঙাকনি বারিগী বারি ইতিহাসতা,
অপাইবা লৈচিলশুম অঙনবা নাইরবা
তুরেলগী কৌশিংশুম তাওথখ্রিবা ঈচেলদা
ঈপাক য়োরগা তেংথাখি লোইরবা কৌশিংনা,
ঙাও কৈনা চেললিবা ঈরৈদা
মনিং তমজরম্বা মহাকনা থেক খোয়না।
য়োনিংবনা খোইরাংলম্বা মহাক্কী থমোয়
তিল্লবদা ঈয়ায়দা মিতাখি অপিকশু ঈচেলবু।

# বন্দি

লাকলম্ব হায়রগা ঐনা
নংদি হেক্তা লাকই
নংগুম নিং-তমত্রবনি ঐ
মরোল নাইনা থাজিল্লবা কাম্মুংদনি
ঐনা ঙসি হিংলিবসে,
নহাক খঙদ্রা ?
বন্দি ওইরবা ঐগী পুন্সিনা
হেক-হেক কোইরুই আশাগী দোলাই তোংহনা
অদুবু,
ঐগী অপাম্বা
ঐগী অনিংখতুদি
ফংগিদে কৈদৌঙৈ—ফংখিদে কৈদৌঙৈ
হায়য়ু—
নহাক উহৌদরা ?
অপাম্বা লৈচিলনা
ঐবু উরগা নোকখিবদো হৌনা-হৌনা
'মসিনা তৌজশারিসে হায়না..........'
মতমদুদনি,
ঐনা নংবু ব্বারৌখিবা !
ঐনা নংবু ব্বারৌখিব !!

## মঙাল চাওবীনি ঐথোয়গী

পোখাইজিন্নৈ হৌদে মরুনা,
শাংকাইদ্রিঙৈ লৈঙং খণ্ডদে
লৈশক লৈচু উংতে
লৈরাং লৈনম চেনদে
লৈকাদা লৈহি য়াওদে।

অম্বুম্না হায়নৈ মীনা,
নিংথাদা থঙই নারাম্ব
তৌথোরকপনা তাকই পুজিম্ম
মাগী আশাগী মঙলারম্ব
তাকই পুক্নিং পোরমম্ম।

লমজিংবনা মৈরানি ঐথোয়গী ;
থৌনা লিংজেল, মহাক্কনি
তাওরিবা হিগী নৌরেননি
মালংগী শমুদা, শুরবনি
লাইজেলা ইপোম য়ৌরবনি।

পামজবনা য়েক্লবনি মীওইবদা,

অপাম্বনা ককণ্ডাওনরবা থম্মোয়দা

ফাজিনবা ঙমদ্রবা বাথলদা

মাঙ তাকহল্লবা আশাদা

মনিং তমলবা পূক্লিংদা।

থাজবদা লান্নরবা তাইবংনি,

ওঝা গুরু থল্লম্বনি

মাঙশোক ফমেল থাইরম্বনি

থকশি খাশি নাইরম্বনি

পিথোকপদা হালেংবা লৈরমদবনি।

ইপা ঈপুগী বারিনি,

পাখংবা ফম্বাল ফম্পাকনি

মোইদনা হিংচাবা থুপফমনি

কংলা ফমমেল হাংলবনি

অথৌবা লোৎনা হিংলবনি।

থুন্তাক লানশি মতৌগুমলে,

সহর ময়োল নিলদরে

মৈহৌ লানপাও পি-গুমলে

শারুংবা থোং মৈহৌরে

য়োৎশবী মখোং য়ুংখরে।

শজিবু' কোমবিরৈ—২২

সনা কৈথেল ময়াইদা,

চাক্তারম্বা চেক্লা চাম্থু
অয়ুক য়েন্দা হৌদরে
চাকোন নাওকোনবী পালেমম্থু
তেংথ নাওই মীকপলে।

থম্বায় মানা কৌরকলে,

লানচীং মতোন মৈহৌরে
পূক্লিং থাম্বী মৈচাকলে
মচু নিংথৌ কৌরকলে
পলেম হিক্লা তেংথারে।

থিংঙমদরে ঈচেল ইহৌরকলিবা

ল্যাইরেন লাবা য়াওললে
চংবী লম্বাকতা য়াত্তারিবা
লাইজা ইরোননুংদা থুপলিবা
কোনক্ থেঙ্গা মীকপলে।

লৈরি মাঙদরি তীর্থ

ত্রিবেনী সঙ্গম চেল্লি
থিজিন্দবনা যাত্রিক লুপ্লদরি
লাইজ ঈচেলস্থু কংদল্লি
সহর ময়াই ইচেন্নরি।

মুংশি মুংওননৈ উরগা,

কোরৌনা কেতু লোৎত্রিবৈ
নোংচুপ চীংমাইনা খঙ্গিবৈ
নমবো থাবো য়োমশিন্নৈ
ময়ুম মকৈ পাওনৈ !

মীপুম খুদিং মীপাইনৈ,

কোম্মোং হাজং লোনশিননৈ
মচা মশু কৌশিননৈ
পোরোন চেৎনা থাজিননৈ
কল্লি মতৌনো থননৈ।

রাৱি অদো নিংশিংই,

চহি তরেৎ খুন্তাকবৈ
অসুম তৌরিব্রা নিংই
অরা লান হৌরকবৈ
অসুম চেন্নরিব্রা খল্লি।

থাম্বা য়াদরে নমখাইরে,

চীংমুংগী লাইজা ইহৌরে
ঈচেল ঈরৈ থিংঙমদরে
তোর্ব্বান কয়া পুখ্রে
মরৈ লিশিং তমল্লকলে।

মীরোল কয়ানা নিংশিংনরি,

সগোলবন্দ ম্নাখোংনাং মথোঙদা
মচা ইবুংঙো গরবনিরাজনা
পঙ্খৌ য়াইবী লোংথ্রবনি
পূক্নি' থাওমৈ মুংথ্রবনি।

থম্মোয় শোক্না রাশকখি,

বজ্রগী চৈনা ফংলিদ্রেদনি
ম্না হকচাং ইরিরিদ্রেদনি
জ্ঞান শক্তিক তারকপদনি .
খোঙনাংদা রাশক থমলম্বনি।

লৈরোন অহুম্ম কেনখরে,

মৈতৈ পুয়া মৈথাখরে
ইবেন' বারিদি থমদরি
মৈতৈ পণ্ডিত থুপখরে
ময়েক মশোন্দি মুংতরি।

শম্বল মরুমদা থমলিবী

মৈতৈ কোনম্নুং থওইদ্রবা
মিনাই লিশিং ঙাকলম্বনি
থাইনগী লৈরাং অমনবা
মল্লা মল্লা লৈনুংশিনি।

মোইরাং নিংথৌ পাল্লম্বা,

থাংজিং লাইবুং কারম্বা
লোক্তাক মিংশেল খল্লম্বা
থবায় লিশিং য়োক্লম্বা
লাইজা ঈথৈ পিখরে।

চীংয়া তময়ানা ফললম্বা,

লমলেন লমহাং ওইরম্বা
লমকেল লোম্নশং ওইখরে
তুবং চংনা কিনরম্বা
তাকয়েল লমপাক নিলখরে।

ফুইনা হৌরকপা নোংহৌনা,

লাইজা থিকলেন তোইরগা
পোংকী পোংশক খঙলকই
নমজা নমথেক চংহনখিবা
ঐখোয়' ধর্ম' হিংলকই।

কাঙম্বরা-খাঙমম্বরা-থিংঙম্বরা ?

থাশিং কুমশিং কাইদনা
থৌহ্ লু'না তাওরম্নি
ঙাখা ঙাচিং য়াওদনা
সমুদ্রা লেম্নলৈনা চাকইল্লি !

শক্তিবু' কোমবিরৈ—২৬

কনসি ঙাকসি ঐগোয়না

কুমগী নোংহৌ খমদরি
লাইজা ঈচেল কংদরি
কারগী মিপাইগনি ঐথোয়না
অথৌবা পোকথিবী ইরৈপাকনি।

চাকথৎলকলি মৈরি শুমলম্বা,

থাং তাগী জংগোইদা
ডকহনখি ইংরেজ লাম্মী
ফাঁসি সগাই কাবদা
নোকনা য়াইবী থাখি টীকেন্দ্রা।

চেল্লি ঈচেল কাইদনা,

চেল্লি ফগুলী গঙ্গা
লৈরোন কয়া নমথাইদুনা
কনম্নি ঙাকসি ইরৈপাক
পুকচেল খোইজেল তিন্ননা।

ওল্লি য়াওন মতমনা,

অপিকপা অতোনবা চানবিদা
তেক কাইরবা শেমবিদা
অমনা অমবু অশিংনা
অকনব মতৌ শকনরি।

খঙনা খঙদে মীওইবা

পাক্লি পুরি থিনদে
য়েক শলাই হংনদে
শাগৈনা ঙাই য়েংনদে
মানা মানা পাননরি।

মুংশুক মুংচিরুরি থরায়দা,

থম্মোয় থম্মোয়দা ওমনরি
পূক্লিং কাচিন্দা হকনরি
রাখলনা রাখলদা ইরারুরি
মংদাম ভুমিন কপচরি।

লিরি তারি ঐখোয়না

য়েংনিংলঙ্গা শক্তমদো য়েংনিংদ্রে
তানিংলঙ্গা মপাওদো তানিংদ্রে
মুংশি চাংয়েং য়েংনবদা
থরায় মাঙখি মশানৌ মথুক্তা।

খমদরি মুংশি রারি

মোইরাং রাক্লি লোইদরি
অমত্তা পোকপী থাদোইগী,
শিগী ইচেল লেপ্তুরি
লাইরবা মচা খগ্নগী।

## শজিবু' কোমবিরৈ—২৮

শিদা পামেল থারমলে,

নাম্নক মোংশোংদা তিনংরে
মাগী অপোম্বা পুন্সিদো
মাঙজিন থানা পাইশরে
মাগী থবায় চেক্লাদো।

পুখরে লৈনম মাঙ্গ্লংবনা

লৈরাক ৱাথোক ওইনরে
পুক্লিং পিরাং শিন্থরে
থম্মোয় থম্মোয় শোম্নরে
থাইনা মৈচাক পিরমলে।

শিন্থরে পিরাং পলেমনা,

পলেম মাইহিং কাথরে।
থম্মোয় লাইমন ওইথরে,
শেংনা কাইনা মপারিনা
হুনদোকলমলে পলেম মকাদা।

থবায় মিরেন্দা তাহৌরে,

নশানৌ ইনেমচানি ওইনজরম্বা
নথাঙুংদা লোৎলম্বা তাংলম্বা
ঙুংশি থুদোলনি পিরম্বা
তাইবং কাওনা ভানদ্রিবা!

হয়েং ইমুং ঙাল্লগা,

থাবুম তরা ফারগা
তাইবং পান্দা ফোংলগা
মাঙ্গ খোঙ্গুল লিহললগে
হৈনা তুংবু ইনহললককে।

শিঙেল নাচোমদো কেন্দরি,

থেংপীরম্বা নাপগী নাচোমদো
লৈশক কাইদনা তমজগে
লৈচিন পোমাই হাংদুনা
হরাও তয়াম ওকপীয়ু।

তাঙথক ঈপোম মরক্তা,

লৈরাং লৈনানা চাখাইরি
থোহু মুংদা হকলিবা
অথোবা মিংলেন মুৎতরি
তাইবং থোদাং য়াবদা।

মখোয়নি অশেংবা লনদি,

থোনা লিংজেল হন্দনা
নারক মোংশোংদা য়াতাখ্রবা
অথোবা শাহিত কয়ানি
শকপি শোনবিদা মাঙখ্রবা!

মাঙদে লৈশক লৈনমদি,

মালেম লৈমাইদা তিনখ্রবস্নু
মাঙদে মমাবু সুংশিবা
নিংশিং ময়েক ইত্রবস্নু
মুংতে মজাতিবু কনজনিংবা।

পোকলম্বনা চাওথোকচবনি ঐখোয়,

ইরমদমনি ঐখোয়গী ইরৈপাক
লমদমনি ঐখোয়গী মনিপুর
চীংলোন মাপলনা ভাকলিবা
পীকনা মঙাল চাওবীনি।

রাত্তা পাদবী লৈকোননি,

লৈহাও লৈরোননি রাংত্রবা
লৈপাক লৈরোননি মাঙত্রবা
শিন্ডেল লৈরাংনি কমত্রিবা
পামেল উজাওনা থললিবা!

চীংয়া তময়ানা কোইরম্বা

পাংকী থরোনা ফল্লম্বা
ভানু থাজোংনা চাকতারম্বা
নামম্নিবা সুংশিংনা হুমলম্বা
তাইবং থম্মোয় ইংহল্লম্বা।

লবুক লমহাংনা কোইরম্বা,

চেন্নাগী খোম্থাং য়ৈরম্বা
কাককী লাম্বাও চেল্লম্বা
চীংন্নুংগী তামনা খোঙলম্বা
কবিগী কল্পনা থারম্বা!

লোইবী চীংগী নাপোমদা,

থাবলনা ইথক হৌরগা
লশিংনা ফীজ্ঞৌ ফোঙমমি
নোংগী মপৈ ল্যাকলগা
লৈচিল নোংফাইনা শিল্লরি।

কালেন' ন্নুংশানা চাকথেকলবা,

মালেম লৈত্রক চৎলবদা
লৈপাক লৈনি শাৎখিবা
মনা মউ য়াওদনা
থোৎ নৌবী লৈরাংনা।

রাকচিংগী উলেন কিদবী

শিরোই চিংদা শাৎচবী
লৈরাং লৈওং পুমবুম্বী
নিংথম উলদা লোমজবী
কোলোয় নংগী শিরোই-লিলি।

মৈতৈ ইমানি ঐখোয়গী

লুবাক লুখোং পুরিবীনি
ৱাই কৌবদা হায়জদ্রবীনি
মচা লিশিং নাওকোনবীনি
কোলোয় মাদি মণিপুরনি।

ঙরাংগী নুংশি শকহেকনরম্বা

ঙসিগী খোইশাও লিন থারবা
অমগা অমগা য়েক্নরবা
মীগা মীগা থাজনদ্রবা
থম্মোয় থম্মোয় থুগ্নরবা!

নুংশি লিচিং কোমলকলে,

চীংনুং মান্নুং শঙদরে
পাৎ তুরেল ইফুল-ফুললে
শজি সঙাই তাকথরে
ফিগে মচুণ মাঙলকলে।

লৈরি লোৎলি লৈনুংদা,

কংলা মানা পনথিংলি
শুরুং ফাওনা ইচেললি
মৈতৈ ইয়েক লোৎলম্মী
লৈপাক লৈরোন থমলম্মী।

# তারকখি

নখোয় খুদিংনা হায়গনু—
নশাদো অমুক্তং খপ্প্ হায়না,
তোইনা তারবদি থোইশাওই।
পিকথ্রবা পোন্নুংশিদা
ঐবুদি য়োঙ্‌হিলং চবশিনবিরে
খজিক্তং কন্দোকপগী জগাসু থাজিনবিগ্রে নখোয়না
অতুগা—
কদাইদনো ঐবু শান্নৌ হায়রিবা!
ঐগী শংবান্নরবা মচু ফাওবা
হৌজিক্তি ওনখ্রে বাওথাংনবা,
ঐগী খোঙ্গেল
চাংখিদ্রে ইপাংশিংগা।
খোইথুম্নবা উইহৈশিং
অমদগী অমদা-চোং-চোং
ইশা ইরেং খপ্
নিংতমজবা উমং বামং;
মুমিংনা চীংয়া পকলকপদা
ঐসু হননিংলুই মহৌশাগুম
খপকে নিংলুই অমুক্তং—
পন্দুনা তারকাখ ঐগী থাজিল্লবা পোন্নুংসিদা ....
থাজিল্লবা পোন্নুংসিদা .... ... ... ... ।

## তাম্নরকলে

তামখ্রে নক্কা কৈরক্কনা

নীংজরম্বা মিকুপ থানদনা

খাঁশী স্থুম শাম্নকলে

শাথেক্কী মঙ্গি তাশিন্নকত্রে ॥

হৌফম শাংফম থিনরকলে

ঐগী ঐগী তানশিনলকলে!

শাবি পুবি হুংনরে

ইপা ইপু য়েংনরে ॥

ভক্তনা চাওহনলম্বা ব্রজদা

শৈহেক্কী শুম্মাংলক্কা চুমদা

তৌত্রিনা কৌরকলে কাইদা

থাবলনা স্তুথক হৌরবদা ॥

....থামিল্লকা আলেম্মা শল্লকলে

থাজনা কোর্ব্বাক্কা নৈতেংলে।

শক্তিবু' কোম্ববিরৈ — থৌরাম

লম্বক 'মারৈদনা খুলং ঈশৈ
মালং ঈপ্রোমনা তাম্থা য়ৈ ॥

লাইজম্মু তাংথক হৌ
শাবী শানৌম্মু মরাংহৌ ॥ ।

ঈচা ইচেনগী নোংজুদা
থৌদাং কোকথোং য়াবদা ॥

কোক্তা কোকশেৎ য়েৎলীবী
নোংলিকী য়েনপাক খনলীবী ॥

লম্বং লুংশিন শৈছক শৈশক
মাজিং মকা য়ৌন ঈশৈ ॥

থাংদা থাংচেৎ লাংলিবী
কোরৌ মৈশাম্মু ফাওদবী ।

য়াকৌবা তম্পাক্তা শাৎচবী
প্রকৃতি খুমশেম য়াওদবী ॥

নংগী ঈশৈদা হৌরকলি
চীংয়া তময়াগী ফজবা ।

শাগৈ ঙক্তা লুংশি শকথংনথিবা
ঊচেক মায়া তানবদা ॥

লুজা' মিংলেন মুৎতরি
লুংশিবা ময়েক মাঙদরি ।

পম্বৌ লিংজেন খাবগী
অথৌবা পাঙ্গলম্মু শামদরি ॥

নহাকথক্কী হৌরকলিবা ঈপোমমি
লৈথেক লৈকোই হৈতবী ।

লুজা' শমলাংনা চোইজাইনা
মালং' শহুম ফাওমদবনা ॥

পুন্সি চেংজেম তাল্লীবী
তাইবং থৌদাং য়াল্লীবী।

অয়ুক য়েন্দা মাওদগী
তরা চাকওন লাংলম্বী ॥

পারি মমোম নাওকোম্নবা
মালেম পৃথিদা তানজবী।

তাইবং কৈথেল খমথ্রিবৈ
নংগী থৌনা মাওদবী ॥

মণশেলবুংগী— লম্পাক্তা
কোয়ৌ মৈবুন হৌবদা,

লাইজা থয়া পুরিবী
অরাম থৌরাং কোকহনবী ॥

থৌজাল মিংয়েং খিকলিবী
নংগী ফিদম থমলিবী।

কদাইদনো বিজ্ঞানগী যুগসিদা
অচম্বা মিনোক মিংয়েংনা ॥

চাওখৎপগী থোঙথাংদা
মাইরোং য়াবদা মাইওন্দা।

য়েক্লবগী লানলোংদা
শিমথোং হেন্না লানশিন্দা ॥

ইহুনা লৈরি ভারত্তা
লুপীশিংগী থৌনা লৌশিং।

হক্কুনা লৈরি খৌহমুংদা।
মরৈবাক কঙখিবা কুরংগীনি॥

লৈমুং হুংপদা তারসিরা
নোংথক্তা পাইবা তারসিরা?
লৈকংগী লমজেলদা শিংনসিরা?
খুংকী হৈ-শিংবদা য়েংনসিরা??

খৌনা লিংজেলসু নোপতবী
ঐখোয়' ইরৈবাকনি স্নালৈমাক।
ফাদোক পিরম্বদো খম্মোয়দা
শাম্বা পাজলসু ফাওমদরে॥

চীংলোন নাইনা থমলিবী
পীকনা মঙাল চাওবী।
লাইনিং লাইশোনসু নোগুবী
ভক্তি ভজনসু বাওবী॥

যন্ত্রগী স্বরদা ডাওরম্বা
ঐগী শৈহেক কাওরম্বা!
কদমথক্তা রাধা রাধা
নপুরগী খোঞ্জেলদা ঝুমু মু॥

থাওমহিদে আয়োনগী য়ুমদা
মিপাই চাওবী রাধা।
তুবিদাংবাই তুমিংনা ওন্থানবদা
খুবাক লাইথন তারছুনা:

য়েংঙৈ থরায়' থরায়
যাশোদাগী মপারি শ্যামবু!

কদাইদা লোৎখ্রে পুম্নমক
'কৈদা লৈখ্রে লোইনমক ॥

রাস লিলাদা নোংঙানলম্বা
হরি সংকৃতনদা লূপলম্বা।
ভক্তগী শক্তিদা গুমলম্বা
ব্রজ-পুর' চাওরম্বা ॥

বণশেলনহানা বণ শেল্লম্বা
গোবর্দ্ধণ চীংয়া নিললম্বা।
বৈষ্ণব ধর্ম্মদা তাওরম্বা
অম্তুম অম্তুম লাপথোক্লরবা !

মাগী মিংলেন লোইনাইদবা
মাগী ঈশৈ থমলোইদবা।
অম্তুম তাম্নরকনি ফাওরমদবা
খঙ্মোয়' থবায়দা তারমদবা ॥

বারি লাইরিকতা শিন্থরম্বা
গোপাল স'শ্যাম শোন্নরম্বা।
লৈপুং বারী কম্নরম্বা
ঈবেম' বারি তাম্নরম্বা ॥

ফুনাক বারি শিনতাক্ত
হিদাকফু মখোলনা তাম্বা পি।
মৈতৈ মুমজাও লাইথন পি
কমমেল ককনা পাওতাক পি ॥

অমুক চাকলেন তমদ্রিবৈ
শেনপাক থম্না লৈরাং খিন।

তরু-তহেন তনানবা
চৈগী চৈখন থমলম্বা ॥

ফিগী ফিশেং য়াল্লম্বা
খুরুমগী মখোল পিবম্বা।

নিংডোল কাম্বু খাইরম্বা
পিবা কাম্বু নাইরম্বা ॥

ফমমেল ফকলেন' থক্তা
খুদৈ ফিথুপ থল্লম্বা।

চাইথা শেলম্ব খিনলম্বা
চিনকুপ-শেলম্বু ব্রাংলমদবা ॥

লালটেন' মৈবি পিকতকপা
কাজাও 'য়াইদা ঙাল্লম্বা।

পোাদোন মৈরি তঙাংবা
চ কথুম 'য়াইদা লৈতেংবা ॥

পলেম মানা শিন্থা পি
মবোই-মনাও লোইনবদা।

কোকী কোকশেং থাদোক্ত
মৈগী মৈথৌ য়াংশিন্না ॥

তরা লুকোই লাংলিদো
সন্ধ্যা মতুং তানবদা।

ঙাক্ন চেন্তাক উত্তোং থন
শগাই থক্তা ভারুবাক পম ॥

পম্থৌ ওইবা য়ুম্বুবেন
কাওরেন ষণবু ফানবা,

থোরি তানা শিঙ্গা পাং
পাঙতাক শিঙ্গাকপিদো অশুম্বা ॥

থরা খিং চেকশিনলগা
চাবা য়াখোং থুমবনিদো।
এরৈ ওইরম্বা য়ুমফমসে
নোংমা নংগীনিদো না-শা ॥

অপাইবদা পাম্না থনগনু
লেংদবা পুথৈ তানশিনলু।
নশা নহা ওইরিঙৈ
লেংদবা উপাল থারম্মু ॥

মৈতৈরং খুদৈ অপোবনি
লংনাই তরেং লৈখরোই।
কপক্রেং মখোলম্ম তাখরোই
লশিং কাপোনস্থ উথরোই ॥

কৈক্তোম শেংনা কোইতুনা
লিক্তোন পানশিন চম্বা।
কৃষ্ণ জর্ম্ম লাক্লগা
পাংকী থমচেং হেকনবা ॥

চীংপোংলৈ নাচোম শেমতুনা
পাখোং শিঙ্গা মুংতাইবা।
লমদা থথাই রাংলিঙৈ
ফৌগু ঈশৈনা শিলনবা ॥

খুবাক কুরোন হুবমথৈ
লক্লবদো কাওবনিদা অবাবা।

নিঙোল ওইবা মখোয়সু
হুমাংগী ইরি শিনখৈদো ॥

পঙ্খো মাগী মথৌবুং
লাগী শারৈ কোন্দুনা।

লংথবাল ঙানথক লৈশাংপা
অবা হুইদোম কোকনৈদো ॥

হিদাকী মনম নুংশিবা
নুজাগী য়াবা ফোংনৈদো।

তাম্নখরনি ঐনা থুপথিবগা
মফম মতমনা হোংবগা ॥

ঙাথি চেংথিরম্বা পাৎসু
ঙাখা ঙমহাই ঙচিংসু।

নোংমদি উখরোই ঙয়া
খুৎশেমগী হৈশিংবদা তিনখ্রগনি ॥

ঐদি ঙসিসু নুংশিরি
খুইথরবা মিৎপানগী মিৎয়েংদো।

থাদোক্লিংদা থাদোক্লিংদা থম্লগদবা
মাগী মল্লবা দেহদো ॥

মোমোম্নজবী মালেম পৃথিদি
নোংহৌনরে উরগা মাদি।

লিশিং পোকপীনি খঙদা
লিশিং নাওকোনবীনি থওইদা ॥

মাগী তম্পাক্কনি নীংনরিবা
ঈশ্বর ভক্তি কৎনরিবা।

মীওইবা ওইনা পোকখিবনি
মীওইনা শেমখিবনি ॥

কনানা কনানো-কনানো ?
লোনথোক্তবনা থওইদ্রিবা করিগীনো ??

ঙাংবা কল্লগদা অচুম্বরা ?
পুক্কে থল্লগা অহেনবরা ??

খল্লু থলসি অমুক্তং
পিরাং ঈচেলস্থ উহনদ্রবা !

অয়ো খোলফমস্থ তাহনদ্রবা
নৈহৎপিরিমথৈ য়াহুনা লৈজরবা ?

কবি' কল্পনা তাংজবস্থ মকাদনি
হৈশিংবা তুলিকানা তমজবস্থ মতম্পাক্তনি

ঐখোয়না চাওথোকচবস্থ মথাম্নুংদনি
মিংচৎ উরোংস্থ মহাকীনি ॥

অহুবু,—নোংমতা নিংশিংলুদে
ওঝা গুরুনস্থ তাকপিরমদে।

মহৈগী লনগৈগীদমক হায়রম্মী
নাওকোনবী মহাকতনক শিংথারম্মী ॥

হেদো নাহে চল্লবদা
চংজফম তন্না থিরবদা।

লোইরলবা পুন্সিনা কৌরকখি
য়োকচবী মাস্থ শিন্থখি ॥

করিগী রারি ঐ লৈরিঙৈ
নাওশুম্নগে ইমাগী তম্পাক্তা।

পাঙ্গল ময়েং য়াওব্রবদা
পিরাংতমক ঈহৌখি উজরগা ॥

কয়াদা তাম্নরম্লবা ঐনা
নিংশিংনরমব্রবা ঐখোয় মখোয়না
চেকশিন্দবনা তাম্নবনি মরক্তা
য়াহৈ' অর্থ ফোংঙমদবনি ॥

হৈ-লৈগুম মচা নাইদবনা
শিন্থরিবা পিগী ঈচেলনি।
করি পাংঙমগনি হৌজিক্তি
অকংবা উনাগা পাংখক্লরবদা ॥

লৈয়েংনা থংপা থোক্লবদা
খোঙ্গেলনা মখোল হৌব্রবদা।
পুংজাতা ডাইতুনা লৈরবদা
শহুমগী তাঙ্গাদা ডাইরবদা ॥

তাম্নরগনি মীপাইরবা পলেম,
খম্নরগনি তাইবংগা মালেমগা।
তাম্নগনি অসুম অসুম
ঐগী ওইরম্বা থুদিং ॥

ধর্ম্ম কর্ম্ম থাদোক্লনি
মালেম' করি পাঙমদনা।
পুন্সি চৈনা খমখ্রগনি
ঐগী পুম্নমক তাম্নরনি ॥

লোইরবা

অইবীগী কোওম্লবা লাইরিকশিং -

১। মমি শাম্লবা খোঞ্জেল - ১৯৭৬

( শৈরেং চবুন )

২। নোম নোম শগাইতোং

চাননবা লৈতে তখেম্বাং - ১৯৭৭

( শৈরেং চবুন )

৩। নাকেম্বাগী লৈরাং - ১৯৭৮

( শৈরেং চবুন )

৪। মল্লা মল্লা লৈন্নুংশি - ১৯৮০

( শৈরেং চবুন )

---

নম্ফম— পুনপা প্রিন্টিং ওয়ার্কস, কৈশামথোং, ইম্ফাল।